*By*

**M. THOIBA SINGH**

**M.A. (Manipuri) Manipur University, 1992**
**P.G. (Gold Medalist in pung) J.N.M.D. Academy, 1988**
**Awarded Scholarship, M.S.K. Academy, 1989**
**Under going Ph. D. (Manipur University)**
**Asstt. teacher Allied Artiste Association, Imphal**

***with a forward by***

**S. THANIL SINGH**

***Selection grade***
***Guru***
**J.N.M.D. Academy Imphal**

MEITEI PUNGLON SHEIKONNABI TANCHAP PARENG (I)
a collection of Meitei Punglon Sheikonnabi Tanchap Pareng

By : M. THOIBA SINGH
Nganapi Thong Mandi, Imphal—795001




*Published by :*
M. LOKHON SINGH
Kumbi Thingel Leikai : Kumbi—795133

Cover disign : Th. Tombi Singh
First Edition : January, 1997

Available at : Book Cave & Rajesh Book Stall
Governor Rood, Imphal.





Price : Rs. 35/-

*Printed at :*
Standard Press
Paona Bazar, Imphal.

# বামাঙ য়ানবা বাহৈ খরদং

শ্রীঐেকাম খোইবা সিংহনা ইবা 'মৈতৈ পুঙলোন শৈকোন্নবী তাঙ্কব পরেং (১)' কৌবা লাইরিক অসি নট সংকীর্ত্তন (পুঙ) গী খাদোক্নবা য়াত্রবা, মরুওইবা লাইরিক অমা ওইগনি। নট সংকীর্ত্তন হায়বসি মণিপুরী বৈষ্ণবশিংগী লাইনিং লাইশোলগা মরি লৈনবা মপুংওইবা ঈশ্বর ভক্তিগী লম্বী অমনি। মসিদ' রুকুম ওইরগা অইবনা নট সংকীর্ত্তনগী মশক, মসি শেম্নকপগী য়ারোল, মসিগী মূর্ত্তি শাথংলকপা, মহাক্কী অকুপ্পা কয়াং (ক্রম), মথল, মতুংগী অরী মপুঙ, মশিগী গুণ অমসুং কান্নবা, য়াসকা লৈনবা ময়ী, নিঙোং-লৈতেং অমসুং তাললিপি, অসিনচিংবা কান্নগদবা হিরমশিং অসি অপাবশিংদা থগৎনবা শন্না নৈনখি। মতুংদা লাইরিক অসিগী অকুপ্পা হিরম ওইরিবা মৈতৈ পুঙগী খোম্থোক অমসুং খুৎকী পুন্সিকম, মৈতৈ পুঙ য়েন্নদা শীজিন্নরিবা বাহৈ কাংলোন, পুঙলোন অমসুং ঈশৈ ইবদা শীজিন্নরিবা খুদমশিং, অবোইবদা তাকপ পরেং অসিনচিংবা অসি মথং মথং তাক্লনবা হোৎনরি। অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক অসি মনিপুরদা য়াম্না তাঙনা থোকই। লাইরিক-লাইশুগী জ্ঞান মপুং ফানা লৈরবা, হিরম অসিদস্থ মমুং তানা নৈশ্নবা ছাত্র অমনা মখল অসিগী লাইরিক পুথোকপা হায়রসি য়াম্না জঙায় ফদে। হৌজিক হিরম খুদিংমক্তা ছাত্রশিংনা তম্নবা লাইরিকী মশিং অসি য়াম্না য়াংলি। মসিনা ছাত্র অমনা মপুং ফানা জ্ঞান তানশিনবদা থুরৌ চেলহল্লি। মসিগী অরাংপা লৈরিবা অসিগী অকক্কা লাইরিক অসি পুথোরকপা। অসিনা অহাঙবা খরদি মেনশিনবা ঙমগনি।

হিরম অসিদা নহা ওইরিবা অইবা অসি অনৌবা নত্তে। ময়াঙদসু মৈতৈ পুঙগা মরি লৈনবা লাইরিক অমত্তু পুথোকত্রে। হিরম অসিদা লাইরিক মথং মথং কোওঙহুনা মণিপুরদা থেংনরিবা অরাংপা অমা মেনশিন্নবা হোংনরিবা অসি পুম্নমক্না পুক্নিং থৌগৎলিক্কম থোকই। কলাবিদ্যাগী হিরম অসিদা লাইরিক-লাইগী হৈরবা ইরুংঙো-ইবেম্মশিংগী মিৎয়েং অসি য়াম্না রাংলি। মথোয়গী পুক্নিংদা মসিবু মরিং-মরাংবা, হুন্নবা বিদ্যা অমা ওইনা লৌরি। মসিগী মিৎয়েং অসি শেমদোকুনা মতমগী চৈথেং য়োহনবা তঙাব ফদবা ওইরক্লি। মসিগী অহানবা লম্বীদি লাইরিক মথং মথং পুথোকপা অসিনি। পাক্রবা মণিপুরীগী কলা-বিদ্যাগী মাইপৈদা লৈরিবা লনশিং অসি তপ্না তপ্না শেমদোক-শাদোকুনা পৃথিবীদা শক তাকপা য়াম্না দরকার ওইরে। মসি ষ্টেজ অমত্তুং শুমাঙদা থোকপতনা ওইবা য়ারক্তে। লাইরিক ওইনা পুথোকুনা ঐথোয়না তৌরিবসি অসিনি হায়না খংহনবা তঙায় ফত্রে। মসিদা লাই ওইরবা ওজা-গুরুশিং অমদি হিরম অসোমদা চঙশিল্লক্লিবা নহারোলশিং অনিগী খুৎ-শম্নবা মরু ওইরক্লি। অহল-লম্নশিংগী লৈতারবা মরুদা নহারোলশিংগী অনৌবা খুনাম থম্নবা হোংনকম থোকই। মহুনা অনৌবা মপোক অমা পীবা ঙমগনি। শ্রীমৈকাম থোইবা সিংহনা মৈতৈ পুঙগা মরি লৈনবা হিরম অমদা ওজা-গুরুশিংদগী লৌজরুবা লনথরদা য়ুম্ফম ওইজরগা তুংগী মাইপৈ অসোমদা খোঙদারক্লিবা ছাত্রশিংগীদমক লাইরিক অসি পুথোরকপা অসি থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি।

লোংজম জয়চন্দ্র
দিরেক্তর
জবাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স
একাদমি, ইম্ফাল

তাং ২৪ । ১২ । ১৯৯৬

# থাগৎ-ৱাহৈ

"মৈতৈ পুঙলোন শৈকোয়রী তাকপ পরেং (১)" হায়বা কৌবা শ্রীমৈকাম থোইবা সিংহনা মতম চংনা ওজা গুরু কয়াগী মফমদগী তমজরগ অমদি লাইহরিক লাইত্তু য়াম্না পারগা পুথোক্লিবা লাইহরিক অসি মকোক্তগী লোইবা কাওবা পাজরে। লাইহরিক অসিদা নট সংকীর্তনগী মশক, হৌরককম, মথলশিংগী মরমসা য়াম্না তেনতক্না মরিকচুম্না নৈনরি; লোইননা ওজাশিংনা থম্মীরবা তাকপ পরেং থরদং পুঙলোন অমস্তুং ঈশৈগা কোয়না য়াওরি। মরুওইনা পুঙ রৈবগী কাংলোন থরস্তু য়াম্না মরিক চুম্না য়াওরি। অইবা অসিগী "মৈতৈ পুঙলোন য়াগ" হায়না সিংথোনবা লাইহরিক অমস্তু হৌথিবা চহিদা কোঙক্রে। অত্তুগা ইকুই কুইদনা হন্দকপু অনীশুবা ওইনা লাইহরিক অসি পুথোক্লকপসিদা ওক্কবা ওমদে। লাইহরিক অসি পুঙ-ঈশৈদা থরায় য়াওজবা কলা প্রেমী-শিংগীদমক্তদি থোইদোক্ক কাম্নরবা লাইহরিক অমা ওইগনি হায়না থল্লি। মহাকুম্বা নহারোল মরক্তগী অসিগুম্বা চাওরবা থবক অসি পায়থখংলক্লিবা অসিগীদমক্তা ইচা অসিগী তোংনবা কনবা তম্দবা অসিবু ঐনা থম্মোই শোক্না থাগৎলি অমস্তুং থাম্মোয়গী অপেনবগা লোয়ননা মতৌন্দা আশীর্ব্বাদ পীরি। অসিনা মরম ওইদুনা হীর অসিদা হেন্না থিজিল্লগা ইথোরক্লুনা মগুণ নৈরবা লাইহরিক কয়া পুথোরকথিগনি আশা তৌই।

শৌগাইজম থানিল সিংহ
সেলেক্সন গ্রেট
গুরু নট সংকীর্তন (পুঙ)

তাং ২৩। ১২। ১৯৯৬ জে, এন, এম, ডি, একাদেমী, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

কাৱিগুম্বা হীৱম অমা লৌথখলগা ফিভদা চংতুনা মখী লৈনবা মচাকশিংছু খোমজিল্লগা পরিং নাইনা ইথোকলদুনা মপুংফাবা শক্তম অমা শেমদুনা পুথোকপা হায়রসি তবাই তরাইবা থবক অমনি ওইরে। মসিদা খোমজিল্লিবা মীওইছুখী তোঙাম তোঙামবা মুঙ্গংগী খুদোংথীবা কয়ামকম হকথেংনরিবনি। অসিগুম্বা খুদোংথিবা কয়াসি মায়োক য়াদুনা শ্রীমৈকাম থোইবা সিংহনা অহানবা ওয়াখুম ওইনা "মৈতৈ পুংলোন শৈকোন্নবী তাকপ পরেং ১" হায়বা মীংথোনবা পুঙলোনগী লাইরিকসি পুথোকপসিদা ঐগী মায়কৈদগী মহাকপু থাগৎতবা ঙমদে। মাংলমচংহৈদগী চংলক্লগা যাওবা য়ুম্ভাম্ভাম্নদুনা লাক্লবা মণিপুরী (মৈতৈ) জাতিগী পোকপদগীন্না শিব ফাওবগী মহুংচন্না পাঙথোক্লিবা থৌরমশিংদ ইচলতা চংলিবা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনদ য়াম্না মকওইবা বাদ্যযন্ত্র অমা ওইরিবা মণিপুরী পুঙগী পুঙলোন তানচপ পরেং অসিগী ঈশৈগা কোন্নবা মচলশিং অসি লৌথংলগা নোটেশনগী হৌনবী শাজং শাংদা শেমদোক শাদোকতুনা পুথোকইবা মওংসি চাওবা মপুং ফাই হায়জনিংই। লাইরিকসিদা য়াওরিবা মতাং মতাংগী ওইবা অমা বারী, ঈশৈ মতেক থরু থর য়াওহন্দুনা ইথোরকইবা অসিনা মেথোদোলোজিগী মগুনতুস্থু থরমক ঙাতুনা চংপগুম তৌই। ঙসিদগীনা চহী কয়াগী মমাংদা লাই ওইরবা ওঝাগুরুশিংনা অইবা ওইনা পুংগী থুমেন, তাল কয়ামকম থম্বিরমই। অদুগুম্বা মগুনা চীনবুংদা লৈবস্থু কয়া অমনি। হৌজিক্কী মতমদা চীনবুংফা লৈবা পুংগী তাল কয়ামকমসি খোমজিল্লগা ইথোকতুনা থম্বা হাপ্তকনি তঙাইফদ্রবনি। মবমসিনা শ্রীথোইবনা ইথোকতুনা পুথোরকইবা লাইরিকসি মতম চাই। লাইরিকসিগী পাক্লরগা পুক্লিংদা অমম্না থল্লকই মহুদি— "মৈতৈ পুঙলোন শৈকোন্নবী তানচপ পরেং ১" অসিনা মণিপুরী সংস্কৃতিগী কলা কৃষ্টিগী মায়কৈদা থোইদোক্লা কান্নবা পীবা ঙমগনি। অসিতস্থু নত্তনা তমথংলকইবা পুংরৈবা নহারোলশিংদা অচৌবা মতেংস্থু ওইগনি হায়বস্থু থাজবা পোকই।

ডাঃ ননীকুমার সিং

কাছাড়, লোলাই

# 'থাগৎ ৱাহৈ'

শ্রীমৈকাম থোইবা সিংহনা ওজা গুরু কয়াদগী থিজিন্দুনা ইথোক্লিবা "মৈতৈ পুঙলোন শৈকোন্নবী তাক্‌পা পরেং (১)" হায়বা লাইরিক অসি ঐ হৌবদগী লোইবা ফাওবা পাজরে। লাইরিক অসিদা নট সংকীর্ত্তনগী মশক থৌরম মথলশিংগী মরমদা য়াম্না তেনংতরনা মরীকচুম্না ইরি।

মসিগী মমাংদসু অহানবা ওইনা 'মৈতৈ পুঙলোন রাগ' হায়বা লাইরিক অমসু ফোংখ্রে। অতুবু ইথক্ত খঙহৌদনা 'মৈতৈ পুঙলোন শৈকোন্নবী তানচপ পরেং (১)' হায়রিবা লাইরিক অসি অনিশুবা ওইনা পুথোরকপা অসিদা ওক্কবা ওমদে। অমদি থোদোকসিদা লাইরিকপু থরাই য়াওনা ইজরিবা শ্রীথোইববু থাগৎচরি। লাইরিক অসি নট সংকীর্ত্তনবু পামজরিবা মীওই, ছাত্র কয়াগী মফমদসু হায়নিংঙাই লৈতনা কান্নবা ওইবতা নত্তনা নট সংকীর্ত্তনগী মশক অসি মাঙপ্রগদ্রা হায়বগী ৱাখলদা মীপাইজবগা লোইননা অরাবা ওইখ্রিবা; খঙহৌদনা অথুবা মতমদা পুথোরকপা অসি ঐ, ঐগী মত্তনা মীপুম খুদিংমক্কী কান্নগনি।

মহাক্না নহারোল মরক্তগী অসিগুম্বা মমল য়াম্লনা থবক অসি পাগথৎলকলিবা অসিদা ঐহাক্না শ্রীথোইববু হায়নিংঙাক্তি লৈতনা থাগৎচরি। মসিগী মতুংদসু পুং-ঈশৈগী মরমদা গুণ লৈরবা লাইরিক কয়া পুথোরকখিগনি হায়না থল্লি।

শ্রীএলাংবম চাউজল সিংহ

কৈশাম্থোং হরোমপুক্রি

মপান।

ইম্ফাল

তাং ২৫।১২।৯৬ ইং

# বাহৈ শরদং

শ্রীমৈকাম থোক্তবা সিংহনা ইবা মৈতৈ পুঙলোনগী মরমদা ইবা অনীশুবা লাইরিক "মৈতৈ পুঙলোন শৈকোন্নবী তাঙ্কপ পরেং (১)" হায়না মিংথোনবা লাইরিকসিদা মপুঙ ওইনা নৈনরিবসি চাওরাকপা হীরম অহুমদনি হায়বা তাই। মতুদি নট সংকীর্তনগী চাওরাকপা মশক অমা তাক্লবা হোৎনরা, পুঙগী খোঙ্থোক অমগুং মৈনবগী কাংলোন অমস্তুং নট সংকীর্তনগী মতুংদা শ্রীজয়রিবা শৈকোন্নবী তাঙ্কপ পরেং হায়বসিদনি। মৈতৈগী লাইগুরুশিংনা থম্মীরমবা শৈকোন্নবী তাঙ্কপ পরেং কয়া ঙসিগী নহারোলশিংনদি থোইনা শরুরক্লু্ব মাংশিল্লকখিবা য়াবগী অকিবা লৈরবা কয়াক্তু মাংখিদনবা নোটেসনগা কোয়না পুথোরক্লিবা অসিমক পুক্নিং থোগৎনিংঙাইনী। অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা ওজাশিংগী চিনবুংদা অয়াম্বা ওইনা লৈরিবা কলাসিগী মচাকশিং অসিবু য়োকখৎপা হায়বসি তঙাইফদবনি। নহা ওইজরবস্তু মৈতৈ পুঙগী মরমদদি খোইদোক্লা মতুং হুজিন্না থিবগী খোঙজঙ চংশিল্লীবা শ্রীথোইবনা ওজা-গুরু কয়াগী মফমদগী খিজিন-তমজিন্দুনা পুথোরক্লিবা অসি থাগৎনিংঙাইনি। নহাক্কু কনা অসিবু তশেংনা স্তুংশিজে হায়বস্তু ময়েক শেংনা তৌরক্লিবা থবকশিং অসিনা তাকই। লাইরিক অসিনা মৈতৈ পুঙ তমথৎচরক্লিবা ছাত্রশিংদা কান্নবা কয়া পীগনি হায়বস্তু চেৎনা থাজে। মতুংদগী শ্রীথোইবনা মৈতৈ পুঙগী মরমদা মমল নাইজবা লাইরিক কয়া পুথোকপা ওইসনু।

ডাঃ পীঃ গুনিন্দ্র

তাং ২৭।১২।৯৬

এসিঃ প্রোফেসর, মণিপুরী

বিভাগ, মণিপুর য়ুনিভার্সিটি।

# ৱাহৈ খরদং

নহা ওইরিবা ঐগী ইচা শ্রীথোইবনা মশাগী অচিনবা থবক কয়া থাদোকুনা ওজা গুরুশিংদগী মতম চংনা থিজিন হৈমজিন্নরগা পুথোরকলিবা "যৈতৈ পুঙলোন শৈকোন্নবী তাক্‌প পরেং (১)" হৌবদগী লোইবা ফাওবা পাজরে। ইচাসিগী লাইরিকসি থোক-লকপদা থম্মোইদা হায়নিংঙাই খঙদবা মুংঙাইবা অমা ফাওই, মরমদি ঙাইবং হায়বসি অশিবা মচানি নোংমদি শোইদনা শিগদৌগ্নিবনি। লাইগুম্নবা ওজাশিং কয়া কয়া চংশ্রবনি কলাশিগা লোয়নননা। অহুনা কলাসি নোংমা নোংমগী মাংশিল্লক্রে হায়বা য়ারবনি। অহুবু ইচা অসিনা ওজাশিংগা ইরোইননা চংশ্রগদবা মাংশ্রগদবা চীংবুংদা অয়াম্বা লৈবিবা কলাশিবু লাইরিক ওইনা থম্বীরমহুনা তুংগী মীরোলগীদমক হোৎনবীগ্নিবা অসি তশেংনমক থাগজবা ওমদে।

লাইরিকসিদা নট সংকীর্ত্তনগী মরমদা তেস্তক্রা মরিক চুম্না তাক্লি। মসিগী মথক্তা পুঙগী খোস্থোকী মরমদসু মচা থায়ন ফজনা তাক্লি। থোইদোক হেন্দোক্ন পুঙ যৈবদা শীজিন্নরিগা ৱাহৈ কাংলো-নসু য়াম্না ফজনা মরিক চুম্না নৈনরি। অহুগা তাকপতা পুঙলোনগা ঈশৈগা কোন্ননা ইবসি ইচাগী অসিনা ইহান হানবা ওইরমগনি হায়না থজে। লাইরিকসি পুঙ-ঈশৈ তমথংচরক্লিবা কলাপ্রেম্মী-শিংগী দমক্তদি হায়নিংঙাই লৈতনা কান্নগনি থজে। মতুংদসু অক-অকবা লাইরিক পুথোকপা ওম্বা ঈশ্বরনা থৌজানবীবা ওইরসু।

লৌরেম্বম অঙ্গো সিংহ
অথনবা সনা পালা
নং ১ গী হিদং ( পুঙ )

তাং ২৭।১২।১৯৯৬

# ৱাহৌদোক

অহানবদা শ্রীগুরুদেববু খুরুমজৈ। মথংদা শ্রীহরি সংকীর্ত্তনগী অথোইবা যন্ত্র ওইরিবা, মৃদঙ্গ মভানা তিল্লবা শ্রীগৌরচন্দ্রগী মশক ওইরিবা পুঙবুসু খুরুমজৈ।

"মৈতৈ পুঙলোন শৈকোল্লবী তাঙ্কপ পরেং (১)" হায়না মিংথোনবা লাইরিকসি পুথোকচক্কবগী পাওমদি নহা অমা ওইনা কন্নাসিবু সুংশিজহনা ওজাশিংগী চিনবুংদা লৈরিবা মমল নাইত্রবা নট সংকীর্ত্তনগী মচাকশিং অসি ওজাশিংনা খুপথিবগা ইরোইননা মোংমগী মশিং থওদনা মাংশল্লক্লিবা ময়ামদি উজকরগা, মরেক অমত্তা ওইরবসু কন্নহোবা ক্রমগত্র হায়না থজককনগীনি।

লাইরিক অসিদা তাঙ্কপকী পুঙলোন অমসুং ঈশৈ অনীমক পুন্না হাপচরি; মরমদি শৈকোল্লবী হায়বসি য়েবদা অমদি শক্কপদা ঈশৈ শকপনসু পুঙলোন থওদবা য়াদে, পুঙ য়েবনসু তঙাই ফদনা ঈশৈ থওদব য়াদে। অসিগুম্বা অরুবা থবা লৈবনা অনীমক পুন্না হাপচিনবনি। অহুবু লুপ্পিবা মাফম অমদি চপ মান্নবা তাঙ্কপ ঈশৈ অমদা ওজা ওজাশিংগী তোঙান তোঙানবা মান্নদবা পুঙলোন কয়ামুক লৈনৈ। মসি ওজাশিংনা ঈশৈগী ছন্দ য়েংলগা পুঙলোন শেম্মরম্বসু য়াই। মরম অহুনা লাইরিকসিদা য়াওরিবা পুঙলোনশিং অসিগা ওজাশিংনা পুবিরিবা পুঙলোনগা থরা শোয়না থেম্নবা য়াওরম্লবদি তোঙান তোঙানবা ওজাশিংগী মতৌনি হায়না লৌবী-গনি। লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা ঈশৈ মখেকশিংজি লাইত্রম ওজা ইবোহল মচাগী লাইরিক, "কীর্ত্তনগী শৈরেং", "মণিপুরগী চংনগী নট পালাগী ঈশৈ" লোইননা অতৈ অতৈ ওজাশিংগী কোর্বেকশিংদগীনি।

লাইরিকসি পুথোক্নবা হোংনবদা তান্নজখিবা ঈশৈগী ওজাশিং মিং ওইনা পনজরবদা থাঙেম্বম ওজা নোনো, এলাংবম ওজা তাওতল; ঐগ্যা কুলাচন্দ্র, শিনাম ওজা কোন্দুম, তেম্হা ওজা ইরোহনবী, পুঙগী ওজামমা ওজা থানিল, ওজা মন্ত্রী, ওজা অঙৌ, ওজাশিংগী শিংথমরোইদবা লমন তোনশিল্লবনি। অরোইবদা হায়জলিংবদি অনামক রানা থিজিন খোমজিল্লহুনসু অরুবা ঈরম চাক্তা ওইবনা লাইরিকসিগী মফম থম্বদা অয়াম অশোয় য়াওরম্লবসু চানবীহুনা তাকপিরক্লবদি মহু পুন্নমক ইকোক খোংনা য়াজহুনা মথং খুৎনমদা শেমদোকচগনি। —অইদা।

# য়াওফম তাকপা

# নট সংকীর্ত্তন

শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিগীদমক তৌবা সঙ্গীতপু কীর্ত্তন কৌই। কীর্ত্তন অমসুং সংকীর্ত্তন অনীসি খেন্নবা থন্না লৈরবসু মথাদি অমত্তনি। অর্থদি ঈশ্বরবু শৈথাজহুনা ঈশ্বরগী নাম শোজহুনা নত্রগা মাগী রাধীবু নীংশিং-জহুনা চীন্না ঈশৈ ওইনা লাওনা শক্তোকচববু (সং-চংখোননা, কীর্ত্তন-শকপা শোনবসু) সংকীর্ত্তন কৌই। অহুবু কুপশিন্না য়েংবা তাম্নগদি কীর্ত্তন হায়বনা চুম্না পুক্নিংদা ফাওরকপা ঈশ্বর ভক্তিবু চীন্না লাওনা শক্তোকপা, থোইনা সঙ্গীতকী চৎনরকপা নিয়ম থীক্নদববু খুত্তহল্লি। অহুগা সংকীর্ত্তন হায়বনা অসিগুম্বা কীর্ত্তনবু সঙ্গীত শাস্ত্রগী নিয়মনা পুন্নবা, পুঙ-ঈশৈ, জগোইগী মচাক শুনা তীন্নবা, অহুবু সংকীর্ত্তন হায়, মহুদি— সম্যক প্রকারেন কীর্ত্তনম=সংকীর্ত্তনম। অসিগুম্বা কীর্ত্তন হায়বসিমক ভক্তিগী অথোইবা অঙ্গ মাপলগী মহুংদা অনীশুবা অঙ্গনি। মহুদি— শ্রীমদ্ভাগবতা তাকপিরম্নবা,

"শ্রবণং কীর্ত্তনং বিষ্ণোঃ স্মরনং পাদসেবং।
অর্চ্চনম বন্দনং পাদ শেবনং সাখ্যং দাশ্যং আত্মনিবেদনম্"

অসিগুম্বা ভক্তি অঙ্গ মাপনগী অনীশুবা ওইরিবা সংকীর্ত্তনগী মতেংনা ঈশ্বর ফংজনবা উপায় ওই। ভক্তনা সংকীর্ত্তন তৌবা মফমদা ভগবাননা লেংদনা লৈ হায়না নারদ সংহিতানসু হায়রি।

ঈশৈ শক্তনা জগোয় শাহুনা অভিনয় তৌববু নট হায়না খঙনৈ। নট ধাতুসি নৃত হায়বা সংস্কৃত ধাতুগী প্রাকৃত ভাষাদগী সংস্কৃত ভাষাদা চংলকখিবনি। নট অমসুং নৃত অনীসি অর্থ চপ মান্নৈ।* অর্থদি লীলা তৌবা, জগোয় শাবা, মোত্ত তৌবা অসিনচিংববু খঙনৈ। মরম অহুনা

---

*নট+অচ=নটঃ, নট+ন্বক=নাটক, নট+ষ্যঙ=নাট্য,
নৃত+ক্যপ=নৃত্য, নৃত+অক্ত=নৃত্তঃ।

নট সংকীর্ত্তন হায়বসি লীলা, জগোয় অমসুং মোত তৌদুনা শক শোনবা কীর্ত্তন অদুবু "নট সংকীর্ত্তন" হায়না কৌই। মসি রাজর্ষি ভৈগ্যচন্দ্রগী অশেংবা আবদাননি।

মৈদিংগু ক্যাম্বনা বিষ্ণুপুরদা বিষ্ণু লাইথলিডেদা মণিপুরদা কীর্ত্তন নত্রগা সংকীর্ত্তন অসি মরু ওনবা হৌখি। মতম অদুগী কীর্ত্তনবু বংদেশ পালা হায়রম্মী। হৌজিকসু মসিবু অরিবা নত্রগা বংদেশ হায়রুন লৈরি। নট সংকীর্ত্তন থোক্লকপদগী বংদেশবু অরিবা অদুগা নট সংকীর্ত্তনবুনা অনৌবা পালা হায়না খঙনবা হৌখি।

## নট সংকীর্ত্তন শেম্লকপা

কীর্ত্তন নত্রগা সংকীর্ত্তন হায়বা শব্দসিদা নট হায়বা শব্দসিগা কোম্বনা শীজিন্নবসি ভারতকী মরম অতৈদসু লৈবা থেংনদে, সুপ্পতগী মনিপুরদতা লৈ। "নট সংকীর্ত্তনম" হায়বা শব্দসি "নটেন সহ সংকীর্ত্তনম" হায়বা অপুনবা রাহৈসিদগী ওইরকখিবনি। অর্থনা নটকী মত্তেংনা পাংথোকপা সংকীর্ত্তন হায়বনি। নট হায়বা রাহৈসি শ্রীকৃষ্ণবু নটবরনি হায়বদগী অদুম শীজিন্নবা হৌই হায়বা য়াম্রে। রায় রামানন্দসু শ্রীকৃষ্ণ চৈতেন্যদা অসুম মত পীখি। শব্দগীদমক্তদি পাণিনি ব্যাকরনদা খৃষ্টগী মাঙ চহী ৪০০ শুবদা থেংনরবনি।* অদুবু মসি রাজর্ষিনা বৈষ্ণবকী সঙ্গীত শাস্ত্রদগী লৌরম্বসু য়াই।

পুঙ-ঈশৈ জগোয় অদুম অসিনা পুল্লগা সঙ্গীত কৌই। নট সংকীর্ত্তন পুঙ-ঈশৈ, জগোয় অদুম পুল্লগা শেম্নবা নীংথিরবা সঙ্গীতনি।

---

*'নট' কী মরম য়েংগদবা লাইরিকশিং নীলকান্তগী— 'সংস্কৃতিগী শক্লোন' অমদি চিত্রেশ্বর শর্মাগী "সংকীর্ত্তন বিচার", মনিপুর ষ্টেট কলাগী—'মনিপুরী ডান্স সেমিনার—1971', শ্রীঅতোম্বাপু শর্মাগী 'মৈতৈ কীর্ত্তন' অসিনচিংবা।

লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রগী পেয়নবগীদমক্তা ব্রহ্মনা বেদদগী মচি ওইবা মথৈ লৌথোক্লগা সঙ্গীত শেমখিবগুম, মী মরক্তগী অথোইবা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হায়জবদগী কলি জীবগী লায়কম ওইবা ভক্তিগী অমত্তা ওইরবা লম্বী নট সংকীর্ত্তন অসি নিংথেমগী আচার্য্য গুরু পরমানন্দ ঠাকুর অমদি মতোন ইবুংঙো ঔোরামশাইনচিংবা গুরু অমসুং পণ্ডিতময়ামগা লোয়ননা কুম্না শন্নরগা মৈতৈগী 'লাই হরাওবা' অমদি 'পাকল'-নচিংবনা য়ুমকম ওইরগ ভরত মুনিগী নাট্য শাস্ত্র, শ্রীমদ্ভাগবত পুরানশিং অমসুং জগোয় ঈশৈগী শাস্ত্রশিংদগী মচি ওইবা শরুকমথৈ লৌথোক্লনা তোপ তোপ্পা শেম্নবা নাট্য মখল অমনি। নাট্য শাস্ত্রগী কয়াৎ মরি অধিবাস, পূর্ব্বরঙ্গ, রঙ্গ অমসুং অন্তরঙ্গ মনিপুরগী লাই হরাওবদা য়াওই। নট সংকীর্ত্তনদসু মসি চপ চানা য়াওরি। নাট্যগী মশক ওইরবা নট সংকীর্ত্তনদা মতাং মতাং মতুং ইন্না নাট্য শাস্ত্রগী প্রারম্ভ (রাস হোৌবা) প্রয়ত্ন (রাস তাবা) প্রাপ্তিসম্ভব (মেল) ফল প্রাপ্তি (তাচপ) অমসুং ফলযোগ (মেনকুপ) য়াওই। শাস্ত্রগী ঙাক্তা তৌবসু নত্তে। শাস্ত্রনা য়ুক্ষম ওইবা কাওবতনি। পুমনৌ নৌবা খুৎশেম অমনি।

# নট সংকীর্ত্তনগী মূর্ত্তি

মনিপুরী গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী রাখল, মিৎয়েং ওন্থোক্ত কুপশ্রে। মহুদি—নট সংকীর্ত্তনগী মশক্তি (মূর্ত্তিদি) ইবুংঙো-ইবেম্মগী অপুনবা মূর্ত্তিনী। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী অমত্তা ওইবা মশক্তি। শ্রীগৌরাঙ্গগী অঙ্গদগী পঞ্চ তত্ত্ব পোকই। মখোয়শিং অহুদি— মন, বুদ্ধি, চিৎ, ইন্দ্রি অমসুং প্রান মখোয় মঙা অসিদগী সংকীর্ত্তন মূর্ত্তি পোকখি।

'মন' দগী শ্রীনিবাসকী মশক ওইহুনা ঈশৈ হল্লি, 'বুদ্ধি' দগী অদ্বৈত ওইহুনা পুঙ-রৈ অমসুং গোবিন্দনা ভুংইল্লি, 'ইন্দ্রি'দগী মুরারীনা

পাংলা ওইরে, 'প্রান্ত'দগী মকুন্দনা হুহার ওইরে। 'চিৎ' তগী নিত্যানন্দ ওইদুনা ভাবক মকোক ওইরে।* মরম অদুনা সংকীর্ত্তন হায়বসি গৌরচন্দ্রগী মশকনি। মনিপুরী গৌরীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়না সংকীর্ত্তনবু উজবা কংজবসি গৌরচন্দ্রবু দর্শন তৌজবনি হায়না লৌই। মরম অদুন সংকীর্ত্তনবু হেক উজবদা থুকমজরিবা। নবদ্বীপকী মসদা শ্রীঅাদ্বৈতনা হুংকার তৌদনা শ্রীগৌরচন্দ্রবু হৌদোকই। মরম অসিনা ইবুংঙোগী মশক ওইবরা পুঙনা অহানবা রাগ হৌদুনা সংকীর্ত্তন হৌরিবনি।*

## নট সংকীর্ত্তনগী কয়াৎ (ক্রম)

নট সংকীর্ত্তন অমগী চংঙ্গবা য়াম্রবা মরুওইবা কয়াৎ (ক্রম) শিংদি রাগ, সঞ্চার, তিলতাল, ঘাট, মেন, তানচপ অমসুং মেনকুপ অসিনচিংবা কয়াৎশিং অসিনি।

রাগ : রাগ হায়বসিনা শ্রীগৌরচন্দ্রগী হকচাং কয়াৎ শাগৎপনি।

সঞ্চার : মসিনা শগৎলিবা হকচাং (অঙ্গ) অদুগী থরায় হায়নি হায়বগী শনি তৌনৈ।

তিলতাল : মসিনা ইবুংঙোগী রাশক অহুম পাঙথোকপসু তাকই। রাধা কৃষ্ণ অনীনা অমত্তা ওইবা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী মুত্তিবু থঙনৈ। রাশক অহুম (তিনবাঞ্ছা) অদুদি—

১। রাধাগী প্রেমগী মহিমা অদু মওং করম তৌরিগবা?

২। রাধানা আস্বাদন তৌরিবা শ্রীকৃষ্ণগী

---

*মসি খেন্ন-খেন্নবা মত্ত য়াম্না লৈ— মসি য়েংনবগীদমক্তা মর্ক ওইবা লাইরিকশিংদি M.S.K.A গী "মনিপুরী দান্স সেমিনার ১৯৭১" চিত্রেশ্বর শর্মাগী "সংকীর্ত্তন বিচার" অসিদা [illegible]বা।

*চিত্রেশ্বরগী "সংকীর্ত্তন বিচার" ১৯৮৮ লা: ২৪

মাধুর্য্য মহিমা অহু কয়াযুক কঙরিকবা ? ৬। কৃষ্ণ সম্বন্ধি ওইবা প্রেম আস্বাদন তৌরগা রাধানা পুংতাইবহু করম তৌরিগবা অহম অসিনি।

৪। ঘাট : ঘাট থায়রবনা রস অনীগী তাইনকম অহুবু তাকই। রস অনী হায়রবদি ইবুংঙোগী নবদ্বীপ অমদি ব্রজভাব লীলা অনীবুনি।

৫। মেল : সংকীর্ত্তনগী য়াংলেন শরু অসি মেলনি। মেল য়াওরবদি সংকীর্ত্তন কৌবা য়াদে। রাসতা ভঙ্গী য়াওরবদি রাস কৌদ্রে। মসিদা পুঙ-ঈশৈগী অমসুং অভিনয়গী খমথেংবা থাক কোঙদোকই। মেলদা সংকীর্ত্তনগী অপুনবা মিলন লৈ।

৬। তানচপ : যোলনামগী মশক্তি। 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে' হায়বা শব্দ কোঙদোকপনি। মতাংসিদা পোখাবা (বিশ্রাম) লৈ।

৭। মেলকুপ : মেলকুপতা সম্ভোগ অমসুং স্বাধিন লৈ। সম্ভোগ হায়বসি মধুর প্রেম্নী। ভক্ত অমসুং কবিগীবর্ণনা অমদি নীংজ-পামজবনি। স্বাধিননা ইবেম্মগী (রাধা) কীজেৎ লৈতেংবনি। মতাংসিদা লৈ-চন্দন কীনচিংবা, সেবা চংগনি। মথংদা জলকেল্লি লৈরগনি। জলকেল্লি লোইরগা অকংবা কী হোংদোক্‌লা নীংখিবা আসন্দা ইবুংঙো-ইবেম্মা লেংশিল্লগা বৃন্দা সখিনা লাংজবা বনগী হৈরাং-লৈরাং কচ্চহুনা সখিশিংগী প্রার্থনা নিবেদন তৌজগনি। মতাং মতাংদা ললিশানচিংবা কৎলগা ব্রজ লীলা লোইশিন্দুনা গৌরলীলা তারগা সংকীর্ত্তনগী অয়োইবা রস তাহুনা জয় ভাই লৌরগা সংকীর্ত্তন লোইরগনি। মথকী মথং মনাওশিং অসি সংকীর্ত্তন অমদা তঙায় শর্দনা য়াওদবা য়াত্রবা কয়াৎশিংনি।

# সংকীর্ত্তনগী মথল

ঈশ্বরগী গুনবু শকপা শোনবা হায়বদি মথল অনী শুই— ১। নাম কীর্ত্তন অমসুং ২। লীলা কীর্ত্তন অনীমনি।

১। নাম কীর্ত্তন :— নামকীর্ত্তনদা ভগবানগী নামবু খুর পান্দুনা শকই। শ্রীকৃষ্ণগী গুন নত্রগা নামবু খুর পান্দুনা শকপনা সাধনভক্তি মথল মাপন্দগী সাধ্যভক্তি ফংনবা-অথোইবনি। সাধন ভক্তি অমদি সাধ্যভক্তি হায়বদি ভক্তি অঙ্গ মাপনগী মনুংদা শ্রবণ কীর্ত্তনচিংবা অহানব। ভক্তি অঙ্গ তরুকপু সাধন ভক্তি হায়না থম্নগা, দাস্য, শাখ্য অমদি আত্মানিবেদন হায়বা অরোইবা ভগবানগা মরী থানজবা ভক্তি অঙ্গশিংফুনা সাধ্য ভক্তিনি হায়না গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়না লৌই। লাইরিক হায়বা-থীবা অমদি ভগবত পাবা মসিগী খুদমশিংনি।

২। লীলা কীর্ত্তন :—নামকীর্ত্তন অসিদা নত্তনা মনিপুরী গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজবৃন্দাবন লীলাবুসু সংকীর্ত্তন তৌই। মহুদা, জন্মলীলা, নন্দোৎসব, গোষ্ঠলীলা, রাধাকুণ্ডমিলন, সূর্য্যপুজা, জলক্রীড়া, পাশক্রীড়া, দানলীলা, সুবলমিলন, উত্তর গোষ্ঠ, নৃত্যরাস, মহারাস, বসন্তরাস, হোলি নৃত্যরাস, ঝুলন, নিশান্তলীলা, পুর্ব্বরাগ, রূপানুরাগ, অভিসার, আক্ষেপানুরাগ, কলহন্তরিতা বাসকসজ্জিকা, উৎকন্ঠিতা, খণ্ডিতা, বিপ্রলব্ধ, মান, বিরহবা..মাথুর বগী শিক্ষা অসিনচিংবা"* কথাবু সংকীর্ত্তন তৌই। অসিগুম্না লীলা কীর্ত্তন অসিবু গৌরীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়না রস কীর্ত্তন হায়নখু খঙৈ। নট সংকীর্ত্তনগী ভাবোক অনায়রা, অমত্তা নুক্কে। ভাবোকশিংনা মতমোয়দা রস কাওরকুনা সংকীর্ত্তনবু তাম্বরগা পি শিল্পীনা থুকমন্জে। সংকীর্ত্তনদা মপুং কানা রস পোক্নিমসি ভাবোকী গুন, কলাকারশিংগী হৈ-শিংবা অমসুং উৎজিবা অহুগী করব। অহম অসি চপ মান্নবা মতমদা থৌ। ভাবোকা সংকীর্ত্তনবু য়াম্না খৌগৎলি। অহিংবা মীনা অহিংবা মী মরক্তা শকপী শোনবা

---

*শ্রীঅত্তোম্বাপু শর্ম্মগী—"বৈদিক কীর্ত্তন" লামায়—৫৪

হায়বদি তাবোক্কী থৌদাং মঙ্গল খাঙ্গা ঐল। মনিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী মতীক চাবা তাবোক খাক্তে তাবোকশিং অমিনা ঈশৈ-নোংমাই পানবদনা কল্লা অসি ওসি কাওবা হিংন্থনা ন্নাক্লি অমস্থুং কলাকারশিংগী মওং তাবোক্না লৈরি।

# নট সংকীর্ত্তনগী রাগী মপুঙ

নট সংকীর্ত্তনগী ওইবা রাগী মপুঙ অমা ওইনা লৈতে। অইবা রাগী অমা লৈত্রবস্থু নাট্য অমা ওইনা শাগ্নবা য়াবগী রাগী থোদোক থরদি লৈ। অদুনা নট সংকীর্ত্তনগী রাগী অসিদি পার্ফোর্মমেন্স টেকনতা মুক্ষ্ম ওইবা রাগিনি। অইবা রাগী অমগী মথা পোঙ্গা শাগ্নবা নম্ভবনা রাগী পরিং শাগ্নরকপা মতমদা নাক-য়েত্তা য়াম্না হায়-দোক হায়জিন তৌবা য়াই রাগীনা কাজিন পুনশিনহুনা থমদে। নট সংকীর্ত্তনগী চথগদবা রাগী মপুঙ অহুদি লেঙহনদনা থম্নপা য়াম্না তেন-শিননা লোইবা নত্রগা য়াম্না শাংনা মকম মতমগী মতুং ইন্না তৌবস্থু য়াই। মসিগী মতমসি চংনবী অমা ওইনা চাওরাক্না পুঙ ৩/৪ লোমনি। মসিদা রাধা কৃষ্ণগী মথল মথাগী রাগী পুশিনবা য়াই।

নট সংকীর্ত্তনগী রাগীসি য়াম্না পাক চাওই, বৈষ্ণব ধর্ম্মগা মরী লৈনবা ওাক্তনি। শ্রীচৈতন্যগী পুন্সিগা মরী লৈনবা থোদোক, রাধা কৃষ্ণগী নিত্যা লীলা, অতৈ উপকরণ কয়া কয়ানি। মসিদা শকলিবা ঈশৈসি রাগী লিবা ঈশৈনি। বৃন্দাবন বর্ণন, গৌরাঙ্গ রূপ, অভিসার অসিনচিংবা খাঁস ঈশৈগী মতৌংনা কয়িগুম্বা রাগী অমা থোদোক অমা তাক্লি তমলিবনি। ব্যখ্যা তৌবা ক্ষ্রোঙ নেবেংচিপন্থু মসিগা য়াওরি। প্লোট য়াম্না চমই মহুদি— খাগ হৌবা, নতা থুরুম্বা, গৌরচন্দ্রিকা, গৌরাঙ্গ ভাবী নিত্য লীলা পরেং, প্রার্থনা, ছয় গোশাই নিত্যাই পদ। অহোবা অমস্থুং অপোইবা অসিদি রাগী মপুং নত্তে রাগী কিবান চনবগুমনি। রাগী মপুঙদি রাধা কৃষ্ণগী নিত্য লীলা, উপকরণ, মমাম অমস্থুং শ্রীচৈতন্যগী রাগী অসিনি।

# নট সংকীর্ত্তনগী গুণ

নট সংকীর্ত্তনগী গুণ অসি অম্বুকী মতিক চাওথে মহুদি কসি জীবগী লায়নবগী পাম্বেদি হরিনাম সংকীর্ত্তনতনি হায়বা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা তাকপিখিবা অথোইবা পাউতাকপু মনিপুরগী বৈষ্ণব সম্প্রদায়না চেৎনা থাগোল্লম্লে। মরমসিদগী পোকপা শিবা অমদি অতৈ থৌরমশিং অয়াম্বদা সংকীর্ত্তননা মপুং ওইরি, অসিমক মহা যজ্ঞনি লৌখৎপীরম্মী।

শ্রীমদ্ভাগবতে—

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র পার্ষদং।
যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তিহি সুমেধসঃ।

শ্যামসুন্দর ওইরম্বা কৃষ্ণনা সনাদগী হেম্না ফজবা কুচু লৌহনা অঙ্গনিত্যানন্দ, উপাঙ্গ-অদ্বৈত, অস্ত্র-হরিনাম, পার্ষদ-গোবিন্দ গদাধর-নচিংবগা লোয়ননা যজ্ঞগী পোৎচঙ পুন্নমক সংকীর্ত্তননা ওইহনা ঈশ্বরবু অরেপ্পনি মহা পণ্ডিতশিংনা পুজা তৌরি অহুগা অন্নুম্না শ্রীগোবিন্দমকনু নারদা ঋষিগী মকমদা তাকপিখি।

শ্রীমদ্ভাগবতে—

সত্যে যদ্ধ্যায়তে বিষ্ণুং ত্রেতায়ং যজতোমখৈঃ
দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং কলৌতদ্ধরি কীর্ত্তনাৎ। চৈঃ ভঃ

সত্যযুগতা ধ্যাননা জীবশিংনা মুক্তি কংই, ত্রেতদা যজ্ঞনা ওই, দ্বাপরদা পুজানা ওই, কলিযুগতদি হরি সংকীর্ত্তননা ওইরি। মরম অহুনা মথকী যুগশিংদা ওইল্লিবা ধ্যান, যজ্ঞ, পুজানা কংলিবা কান্নবা ফলশিং অসি পুম্নমক কলিযুগকী সংকীর্ত্তন অসিদা তিনহনা লৈরে।

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নমৈব কেবলং।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা।

হরিনামমতনা অরোইবা (৩) কলি যুগতা হরিনাম শোনবা মখনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈত্রবনি।

শ্রীমদ্ভাগবত' না কলি যুগগী মরমদা পাঈ—

কলিং সভাজয়ন্ত্যার্যা গুণজ্ঞা : সারভাগিন : ।
যত্র সংকীর্ত্তনেনৈব সর্ব্ব স্বার্থোহভিলভ্যতে।

স্লোক অসিগী মরু ওইবা, যুগ অসি সংকীর্ত্তনদা থম্লি । সংকীর্ত্তননা প্রধান ওইহল্লি ।

পদ্মপুরাণদা— নাহং তিষ্ঠামি বৈকুণ্ঠে যোগীনাং হৃদয়ে নচ।
মদ্ভক্ত যত্র গায়ন্তি তিষ্ঠামি নারদ ॥

অসিগুম্বা শাস্ত্রীয় ওইরবা প্রমাণ কয়া লৈবনা কলিযুগদি হরি সংকীর্ত্তনদা অখোইবনি। মশেংবা হায়রবদা নট সংকীর্ত্তন অসোয় ঈশ্বরগী কজবা মাওরদা নত্তনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী কাংলাপা রাগ, নৃত্য, ভাব, রস, দর্শন মাওরগা মপুং ফাবা নাট্য অমনি। রসকী খোঙথা সাধনাগী মপাঙ্‌। লৈরিবা পুম্বা ইবুঙো-ইবেম্মা অনীমকী অমত্তা ওইবা মশক লোইরিবা গৌরচন্দ্রদা কখোকচবনি। আত্মা সমর্পণ তৌজবা তম্লি। মপুং ওইবা রাকমদি নট সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞনি। মশাবু ধর্ম্মনা য়োথনিন্দনা থম্বা তুংদা ভক্তি অমসুং প্রেমগী কজবা ভাব লোংদোকপা পান্দনা ধর্ম্মগী লোগাই ওইনা শীজিন্নবা। মীয়ামদনা হুংজাইরবা কলাগী কুম্মৈগী মশক অমা ওইহনবা, সাধনাগী লম্বীদনা ঈশ্বরগী খুদোং কংনবা লাইনিং ওইবা নট সংকীর্ত্তনগী মশকনি।

## নট সংকীর্ত্তনগী কান্নবা

নট সংকীর্ত্তনবু তাজ-উজবদা অমদি শুকচ-শোয়রবদা অখোইবা হুংজাইবা কংহল্লি, অপাম্বা থুংহল্লি, মীবু থুহম চন্‌শিনবা ঙম্মই। মী পুন্নমক্কী খশ্মোয় হবা ভস্মী, অয়ান খুভমশু য়োহল্লি। দান, যজ্ঞ অমসুং তপ তৌবগী মহৈহনা ধর্ম্ম, অর্থ অমসুং কাম অহুম অসিদা কংহল্লি, অদুগা নট সংকীর্ত্তন মখুত্তবু হৈরবদা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম স্লোক মখিমকপু লায়না কংহল্লি। অমম্বু অহুনা নট সংকীর্ত্তন ওয়বদি খোইদোক হেন্দোক্কা কান্নবগী মশকনি।

# রাস অমসুং নট সংকীর্ত্তন

'সর্ব্বরস : কদম্বময় রাস' হায়রিবা অসুগুম্বা রস পুন্নমক্লা তিননবনু রাস কৌই। রস খুড়লবা মতিক মগুন চাউবা টীকাকারশিংনা শ্রীহরিগী রাস লীলাবু, তোঙান তোঙানবা ভাবতা পুখোক্তুনা ব্যাখা তৌনরি। কন্যানা পরব্রহ্মগা জীবাত্মাগা, অনী তিন্নবগী লীলাবু রাসনি হায়। হুংঙাইবা পুন্নমক্লা তিন্নবা, ব্রহ্মানন্দ কংবনু রাস কৌই। সঙ্গীত শাস্ত্রদদি, রাস হায়বসি জগোই পামজবী ফুগী ময়াম্না কোয়রগা, জগোই হৈবা নিপা অমনা মরাম্নদা লৈরগা জগোই শামিন্নবনু হল্লীশক কৌই। হল্লীশক অসিদা, তাল, মেন পান্দুনা খোংথাং খুথেক হাপ্তুনা শাবা জগোইবু রাস (জগোই) কৌই। মণিপুরনা মসিবু জগোই হায়না খঙনৈ।

মণিপুরধিপতি জয়সিং ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা অসিগুম্বা মীওইবগী জড়দেহ অসিদা দিব্যপ্রেম পুখোক্তে হায়না খল্লদুনা শ্রীরূপ পরমানন্দদা মধুর-প্রেম ভক্তিদা দীক্ষা লৌদুনা ভক্তিব্যাস অমসুং খুঘোং চন্দ্র সিদ্ধান্তগা লোয়ননা- মৈতৈ 'ধর্ম্ম অমসুং ভগবত ধর্ম্ম' অনি অসি অমত্তা ওইনা তিনশিনদুনা মবুংঙো শ্রীগোবিন্দদা অহুগুম্বা সর্ব্বরস কদম্বময় রাস, লীলাবু সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী মশক ওইনা ইং শোক ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ থাগী কার্ত্তিক তরামাথোইনি পানবা (একাদশী) ইরাই সুমিত্তা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌরগা লংথবান কোন্নুংগী রাস মণ্ডলদা সুমিৎ মঙানি শামদুনা মণিপুরগী ইহান হানবা জগোই রাস ওইনা নট সংকীর্ত্তনগা কোম্নন্না কংখি।

মণিপুরগী জগোয় রাস মণিপুরতগী ওইবা ওজা গুরুশিংগী খুৎশেম অমনি। লাই হরাওবগী হুমকমদা শাগৎলকপনি। অথুপ্পা রাকুদি শ্রীমদ্ভাগবতকী রসকী মশক ওইরবা ভগবান কৃষ্ণনা মাধুর্য্য আস্বদন তৌনীংদুনা হলাদিনী শক্তিগী মশক ওইরবা ব্রজগী গোপীশিংগা শামখিবা লীলানি। মশাম্নদি অঙাংনা মশাগী মমিগা শাম্নরঙা। অহুবু মসিগী মমি হায়বসি মমি নত্তে হকচাংদি ভগবানদি ব্রজময়নি, আনন্দময়নি। অসিনা মান্না লীলা শাম্নবনি। জড়দেহ অসিমক্তা আধ্যাত্মিক

আনন্দ কোঙদোকপা য়াই হায়রবনি খঙহননবা রাস লীলা শান্নবনি। রাজর্ষিনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌরগা সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ লিংখত্নবা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদা আত্মাহুতি তৌই। অমুকস্তু মহারাস কত্নবা সংকীর্ত্তন যজ্ঞগী মশক ওইনা আত্মা সমর্পণ তৌখে।

নট সংকীর্ত্তন অমসুং জগোয় রাস অনীসি ভাব অমরোমদা অনীমক সংকীর্ত্তননি। সংকীর্ত্তনস্তু রাসলীলানি. অদুগা রাস লীলাস্তু সংকীর্ত্তননি খেন্নবা লৈতে। অদুগা নট সংকীর্ত্তনবু রাসকী পুর্ব্বরঙ্গ ওইনা হেক লৌগ্রবস্তু সংকীর্ত্তনগী চপ চাবা মশক্তা অকায়বা খরদি লৈ। রাস লীলাবু সংকীর্ত্তননি হায়না খল্লবদি অনীমক অমত্তনি হায়না উবা ওন্নর্বাদ হৌদবা য়াদবা সংকীর্ত্তননা মশানা পুর্ব্বরঙ্গ ওইবা মতাবনি। রাসলীলাগী পুর্ব্বরঙ্গস্তু লৈতববুদি নত্তে। অদুবু মনিপুরী গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী লাইনিংদদি রাসলীলা মতোমত্তনা সংকীর্ত্তন মপুং কারে হায়না পেনখোকপা ঙমদে। মরম অসিননী গোবিন্দগী মাণ্ডপ্তা নত্তনা মাণ্ডপ খুদিংমক্তা জগোয় রাস কৎপদা নট সংকীর্ত্তন হৌনরিবা, মরমদি ভাব অমসুং রসতা রাসলীলা অসি নট সংকীর্ত্তনগী শরুক অমনি, ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী মিলন ওইরবা তিনবাঞ্ছা পাঙথোক্কবগীদমক্তা অবতার তৌবীরক্লবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যদা অহানবা বৈষ্ণব পুন্নমক চঙজবা তাই। অদুনা সংকীর্ত্তন লোইবদা নিত্যাইপদ তাকপা তাবনি। গৌরনিত্যাই অমত্তনি হায়বগী ভাবস্তু য়াওরি।

ব্রজলীলা অসিনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য ভাবীদা (গৌরচন্দ্রনা রাধা ভাবতা লুপ্লা মতমদা) শান্নখিবনি। চুন্নগী নট সংকীর্ত্তনদা গৌরাঙ্গ ভাবীদা ব্রজলীলা শান্নে অদুগা মতাং অমদা লোইশিল্লি। অসিগুম্বা ভাবিগী মওংদা মণিপুরী বৈষ্ণবশিংনা জগোয় রাসপু খন্নি। ইবুংঙোগী ভাবীদা রাসলীলা শান্নখিবগী রস অদু ভক্তশিংনা চুপচবা ফংজবনি। মণিপুরী বৈষ্ণবশিংনা ছৈজগী কুম্মৈগুম্না রাসলীলা য়েংবা নত্তে কুম্মৈস্তু নত্তে। রসকী য়ৌগ্রবা সাধনাগী মশক্নি, লৈজবা পুম্বা ইবুংঙো ইবেম্মদা, অনীমক্কী অমতা ওইবা মশক লৌরিবা গৌরচন্দ্রদা কখোকচবনি;

কোক হায়না খঙনবা কি মচা অমা য়েন্নি। কি অসি য়াম্না পায় অমম্তুং শিকই, কাক অনীদমক পাকই। খুত্থুপ ৫/৬ শাংই। মসি শীঞ্জিন্নহনা পালাশিংনা কোম্মেং ওইনা য়েৎলি। কনাগুম্বনা কিরোই হোংবা অসি পালা খুদিংমক্কী ওইনা হোংকা য়াঙই। অদুবু তঙাইফদনা ঈশৈ হনবা পুঙ-য়েঁবা, মুহায়, খোনবাংবা মতা অসিদি কিরোই হোংজবা য়াদে।

হৌজিক ঐখোয়না উবিবা পালাগী কিজেং অসি নিংথৌরেল কয়ানা মখং মথং শেমদোক্লবা মতুংদা ওইরকখিবনি। য়াম্না কজবা মওংদা শেমদোকখিবদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদনি (১৮৩৪-১৮৪৬)। মসিগী মথংদা নরসিংহ মহারাজগী মতমদা খরা শেমদোক্লুনা মপুং ফাহনখি। হৌজিক চৎনরিবা অসি চুরাচান্দ মহারাজগী (১৮৯১–১৯৪১) মতমদগী চৎনরকপা কিজেংনি।

# তাললিপি (Notation)

পুঙ-ঈশৈ অমম্তুং জগোইদা য়াওরিবা তাল, মাত্রা অমম্তুং ছন্দশিং অদুবু নীংথিনা খঙবা য়ানবা নিয়ম অমগী মথাদা ইথোক্লুনা থম্ববু তাললিপি (Notation) কৌই। মসি ৩৫০ B C. গী মমাং ওইনা স্বরলিপি ইবগী মওং চৎনরক্লে। অদুগা তৌবদি হৌজিকী চৎনরিবা মওং অদুম্না য়াম্না শুগায়নদি লৈরমদে। খুদম ওইনা, শোক ১২৭৫ দা ক্ষেত্রমহন গোস্বামি কৌবা অমনা মাত্রাগী খুদম পুথোক্লুনা "সঙ্গীত সার" হায়বা লাইরিক অমা ইখি। মদুদা তাললিপি স্বরলিপিগী নিয়ম চৎনবা হৌরবনি।

মাত্রাশিংগী তোঙান তোঙানবা খেন্নবা খুদম লৈ। মদুদি—

১। '—' চৈতেক্কী খুদম অসি "সঙ্গীত সার" গী খুদমদা চৎনবনি।

২। 'ı' আকার মাত্রা অসি জোতিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা পুথোকপনি।

৩। '0' শূন্য অসিনা রাজনিকান্ত দত্তিদারনা পুথোকপনি।

৪। 'S' এস খুদম অসিনা হৌজিকী মতমদা পুথোকপনি।

# তাললিপিগী কান্নবা

সঙ্গীতকী মখুৎতা লৈরিবা অতুপ্পা মচাকশিং হায়রিবা তাল, মাত্রা অমদি ইথনাশিং অসিনু তক তক মখেক লেংনা উথনা তথনা, প্রাবলা, লায়না খোকহন্নি অথমুং মতমখু চংহল্লে। মথম অসুনা মতম চিন্নবা হৌজিক্কী লাইরিকী মখল অসিদদি তাললিপি অসি অসুকী মতিক কান্নবা তশনা লাইথোকহন্নবা পামৈ অমনি হায়বা যাই।

## মৈতৈ পুঙগী খোম্থোক অমসুং খুৎকী খুৎকম

### ( পুঙ মনাউগী খোম্থোক )

তেন— পুঙগী মনাও থাবকি মতাইদা খুদোনবীনা মখোল থাদোক্তুনা থাবদা 'তেন' হায়বা খোম্থোক অসি থোকই।

তাং— পুঙগী মনাও থাবকি ময়াইদা খুদেৎন মরিনা মখোল থাদোকতুনা মতম অমত্তদা থাবদা 'তাং' হায়বা খোম্থোক অসি থোকই।

তঃ— পুঙগী মনাও থাবকি মতাই ওইরপনা খুৎনিংথৌ কোনশিন্নগা মতম অমত্তদা থাবদা 'তঃ' হায়বা খোম্থোক অসি থোকই। মসিবু "তুকা" হায়নসু খঙনৈ।

তা— পুঙগী মনাওদা থাবকি ময়াইদা মতম অমত্তদা খুদোল মরিনা মখোল থাদোকতুনা থাবদা 'তা' হায়বা খোম্থোক অসি থোকই।

তাং— পুঙগী মনাওদা খুদোল মরিনা অহানবা মখোল থাদোকনা থাবগা অকোনবদা মখোল কাপ্পিনা খুদোল লুপশিন্না থাবদা 'তাং' হায়বা খোম্থোক অসি থোকই।

তৎ— পুঙগী মনাওদা থাবকি ময়াইদা খুদোল মরিনা মখোল কাপ্পিনদুনা থাবদা 'তৎ' হায়বা খোম্থোক অসি থোকই।

ঙুং— পুঙগী মনাও থাবক্কি ময়াইদা মখোল কাজিনদুনা খুনাওবী, খুৎনিংথৌ, খুৎয়াইনা হায়া থায়গা খুদোনবীনা কোয়া মতম অমদুদা খঙবদু 'ঙুং' হায়বা খোঙ্হোক অমি থোকই।

ঞেন— পুঙগী মনাও থাবকি ময়াইদা খুৎনাওবী, খুৎনিংথৌ, খুৎয়াইনা মখোল থাদোকদুনা হায়া থায়গা খুদোনবীনা কোয়া মতম অমদুদা খঙবদু 'ঞেন' হায়বা খোঙ্হোক অমি থোকই।

তত— পুঙগী মনাও থাবকি ময়াইদা খুৎনাওবী, খুৎনিংথৌ, খুৎয়াই অহুম্না মখোল কাজিন্দুনা হায়া থায়গা খুদোনবীনা কোয়া মতম খরা শোইনদুনা থাবদা 'তত' হায়বা খোঙ্হোক অমি থোকই।

## (পুঙ মরুগী খোঙ্হোক)

খিং— পুঙ মরুগী থাবকি ময়াইদা ওইগী খুদোল মরিমক্কা খরা খিংজিল্লপ তৌনা মখোল কাজিন্দুনা মতম অমত্তা থাবদা 'খিং' হায়বা খোঙ্হোক অমি থোকই।

ঘিন— পুঙ মরুগী থাবকি ময়াইদা খুৎনাওবী, খুৎনিংথৌ, খুৎয়াই খুদোম্বীনা বেড়ি মথক্তা মতম অমত্তদা মখোল থাদোকনা থাবদু 'ঘিন' (গীন) হায়বা খোঙ্হোক অমি থোকই।

মথক্কী মরুগী খোঙ্হোক অমি অসিদা খরা থাদোক-থাজিন, কাদোক-কাজিন তৌদুনা অয়াম্বা নৈ।

## (পুঙগী মরু মনাও অনী তিন্নরগা থোকপা খোনখোক)

ধিন— (ঘিন+তঃ) অনীনা মতম অমত্তদা থাজিনমীন্নবদু 'ধিন' হায়বা খোঙ্হোক অমি থোকই।

ধেন— (ঘিন+তাং) অনী অসিনা মতম অমত্তদা থাজিনমিন্নবদা 'ধেন' হায়বা খোঙ্হোক অমি থোকই।

খেন — (খিৎ + তাং) অনী অসিনা মতম অমত্তদা থাজিনমিন্নবদা 'খেন' হায়বা খোঙ্গোক অসি থোকই।

খিৎ — (খিৎ + তঃ) অনী অসিনা মতম অমত্তদা থাজিনমিন্নবদা 'খিৎ' হায়বা খোঙ্গোক অসি থোকই।

খৎ — (খিৎ + তৎ) অনী অসিনা মতম অমত্তদা থাজিনমিন্নবদা 'খৎ' হায়বা খোঙ্গোক অসি থোকই।

খেৎ — (খিন + তাৎ) অনী অসিনা মতম অমত্তদা থাজিনমিন্নবদা 'খেৎ' হায়বা খোঙ্গোক অসি থোকই।

খ্র — 'খিৎ' না হান্না থারগা 'ত্র' না কোন্না মতম খরা কোননা থামিন্নবদা খ্র (খিত্র) হায়বা খোঙ্গোক অসি থোকই।

খ্রাং — 'খিৎ' না হান্না থারগা 'তাং' না খরা কোল্লগা থামিন্নবদা 'খ্রাং' (খিতাং) হায়বা খোঙ্গোক অসি থোকই।

তখিন— 'তা' না হান্না থারগা 'খিন' না খরা কোল্লগা থামিন্নবদা 'তখিন' হায়বা খোঙ্গোক অসি থোকই।

ঘিন্নাং— 'ঘিন' না হান্না থারগা 'তাং' না কোন্না মতম অমত্তদা থামিন্নববু ঘিন্নাং (ঘিন্তাং) হায়বা খোঙ্গোক অসি থোকই।

গ্র — 'ঘিন' না হান্না থারগা 'ত্র' না কোন্না মতম খরা খেংথনা থামিন্নবদা 'গ্র' (ঘিনত্র) হায়বা খোঙ্গোক অসি থোকই।

গ্রাৎ — 'ঘিন' না হান্না থারগা 'ত্র' না কোন্না মখোল কাজিনহনা থাববু 'গ্রাৎ' হায়বা খোঙ্গোক অসি থোকই।

ঘিন্ন — 'ঘিন' না হান্না থারগা 'ত্র' না কোন্না থাববু ঘিন (ঘিন্ত্র) হায়বা খোঙ্গোক অসি থোকই।

## (পুঙ মরু মনাও হনবা খোঙ্গোক)

মরু মনাও হনবা হায়বসি পুঙগী মরু অমম্লুং মনাও অনীঙ্কা খুৎ তইশ্লেৎ অনীনা লায় লামহনা ঙৈবা অমুবু খঙবৈ।




তাঙ্জা, জ্যাংজ্যা তাং— অহানবদা খুৎ য়েৎনা 'তাং' [illegible] মথংদা খুৎ ওইনা মনাওদা 'ঙা'* থারগা য়েৎনা অমুক 'তাং' থাবা অহুগা ওইনা মনাওদা অমুকন্তু 'ঙা' থারগা য়েৎনা অকোনবদা 'তাং' অমুক থাবদা 'তাঙ্জা তাংজা তাং' হায়বা খোঙ্হোক অসি থোকই।

ঘিন্ন ঘিন্ন ঘিন—অহানবদা খুৎ ওইনা পুক্ত মকুদা 'ঘিন' হান্না থারগা মথংদা খুৎ য়েৎনা মকুদা লামহুনা 'না'** থারগা ওইনা অমুক 'ঘিন' থারগা খুৎ য়েৎনা মকুদা অমুক হন্না 'না' থারগা অকোনবদা খুৎ ওইনা ঘিন অমুক থাবদা 'ঘিন্ন ঘিন্ন ঘিন' হায়বা খোঙ্হোক অসি থোকই।

ঘিন্ন ঘিন —খুৎ ওইনা হান্না 'ঘিন' থারগা খুৎ য়েৎনা অমুক মকুদা 'না' থারগা ওইনা অমুক 'ঘিন' হায়না থাবদা 'ঘিন্ন ঘিন' হায়বা খোঙ্হোকসি থোকই।

তাংঙ তাং —খুৎ য়েৎনা 'তাং' থারগা খুৎ ওইনা মনাওদা 'ঙা' থারগা য়েৎনা অমুক 'তাং' হায়না থাবদা 'তাংঙ তাং' হায়বা খোঙ্হোক অসি থোকই।

ঘিন ঘিন্ন —খুৎ ওইনা 'ঘিন' হায়না থারগা অমুকন্তু 'ঘিন' হায়না থারগা অকোনবদা খুৎ য়েৎনা মনাওদা তাং হায়না থাবদা 'ঘিন ঘিন্ন' হায়বা খোঙ্হোক অসি থোকই।

তঘিঙা —মনাওদা 'তা' হায়না হান্না থারগা মথংদা মকুদা 'ঘিন' অমুক থাবা অকোনবদা 'তা' হায়না মনাওদা থাবদা 'তঘিঙা' হায়বা খোঙ্হোক অসি থোকই।

---

*'ঙা' হায়বসিনা মনাওদা খুৎ ওইনা লায়গা থাববু খঙনৈ।
**'না' হায়বসিনা মকুদা খুৎ য়েৎনা লায়গা থাববু খঙনৈ।

খিংখিত্তা— 'খিং' না হায়রা থাবগা অমুকস্তু 'খিং' হায়না থাবগা মথাংদা 'তা' অমুক থাবদা 'খিং খিত্তা' হায়বা খোন্থোক অমি থোকই।

# মৈতৈ পুঙ য়েৎবদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ কাংলোন

ভগবাননগী সৃজন সৃষ্টিগী মনুষ্যা লৈরিবা লেঙলি-পাল্লিবা পোৎশক খুদিংমক্কী ওইনা মাগী মাগী ওইবা ছন্দ নিয়ম অমমম লৈজে খুদম ওইনা গ্রহ উপগ্রহনচিংবশিংস্তু মাগী মাগী ছন্দ নত্রগা তালগী মথাপোন্না চৎনবা ঙাক্লনি। অসিগুম্বা তালগী মরুওইবা অসি পুঙ-ঈশৈ জগোই (সঙ্গীত) দস্তু অহু মওায়, সঙ্গীত হায়বা অসি ময়ায় কায়বা শামুগুম্বনি। তালনা মহুবু লান্নবা কাত্তিনি। মরম অসিনা তাল কায়নবা জগোই ঈশৈ পুঙদি কাত্তি থাদবা শায়ু, হিনাউ শাদবা হিগুম্বনি হায়না সঙ্গীত শাস্ত্রশিংদা প্রমান কয়ামুক্কা লোয়ননা বর্নণ তৌরি। লাই ওইগ্রবা ওঝাশিংনা থম্মীরম্বা মৈতৈ পুঙ য়েৎবগী কাঙলোনশিংস্তু মথাদা পীজরি।

অথঙবা —তপ্না য়েৎম্বদগী খঙহোদনা কন্না য়েৎবা।

অচোংবা —পুঙলোনস্তু চোংনা য়েৎবা অচোংবা তান্দা য়েৎবা।

অচোইবা—মপুঙ অমা য়েৎরিঙৈদা অতোপ্পা মপুঙ অমদগী পুঙলোন পুশিন্নকুনা য়েৎরিবা অহুবু অচোইবা কৌই। অতোপ্পা অমনা কোয়নবী নত্তনা অচাবা অমনা য়েৎবস্তু অচোইবা কৌই।

অহান্না —তানবুং অমদা ছন্দ মান্নবা পুঙলোন পুশিন্দুনা য়েৎবা। নত্রগা তানবুং খুদিংদা হান্নবা শেন্নবা অহান্না পুঙলোন অলঙ্কার হায়নস্তু খঙবৈ।

অথায়বা —তাল অমদগী অতোপ্পা তাল অমা হোৎজন্নদাইদা য়েৎবা পুঙলোন।

অওনবা —তাম্বা নত্রগা ছন্দ অমদা হোংদোকপা।

অতম্বা —অতম্বা মোং হাদবা খোঙচৎ তপ্পা চৎপা।

অথুবা —অল্লাবো খোঙচৎ। থূন্না চৎপা।

অরাওবা —তানম্ব লল্লা থাবা। মসিদা তানচপ অরাওবা অমস্থং অকৈবা হায়রনা মথল অনি লৈ। মাত্রা নিপান লৈববু তানচপ অরাওবা অহুম মাত্রা তরাতরুক লৈববুনা তানচপ অকৈবা/ অকাকপা হায়না খঙৈ।

অকোয়বা —তাল চাদবা, মাত্রা থুগায়বা, ওই চাবম্ব হায়নৈ।

অকনবা —শাফু কন্না থাবা নত্রগা য়ৈবা।

অশোনবা —শাফু কন্দবা তপ্পা য়ৈবা অশোনবা মী মানবা।

অখেবো —মশা খিংবা, শোন্দম নাদম্বা অতপ্পা নত্তবা, কর-কম হায়রা।

অকিংবা —হাথ, হাথ, হায়জিনবা নত্রগা য়ৈশিনবা।

অহনবা —হন্না হন্না হায়বা নত্রগা য়ৈবা।

অনম্বা —তানগী খোঙচৎতা কিৎ কিৎ নমহুনা য়ৈবা।

অহুনবা —মথক্ত। হুনগৎপগুম খংনা খাংগৎলগা থূনা অমুক হন্ববা। মসি পুঙলোন খায়দোকপদা শীজিয়ৈ।

অরোংবা —মাঙদা থবাক ইস্তোক্লা য়াং তিংনা লৈববু থা লোংবা কৌই মসি চোলোমদা অমদি চোলোম তৌরমদাইদা শীজিয়ৈ।

অরৈবা —খুদোং খানগৎলগা লৈবা, কম্নগা লৈবা, লোংনা লৈবা, চেপ্পা লৈবা অসিনচিংববু অরৈবা কৌই।

অখেকপা —ওক চৎলুয়গা কেনা নৌনা খদাং ইনখৎলপ তৌগনি অমস্থং থূনা অমুক খেকথনা লৈগনি।

অমেংবা —অখোৎপা, অকেবা, মশা খিংদবা, নৌনা উহনবা।

অখেৎপী —লেংদনা লৈবা ওইগী কর্তাল নাকচেপতা য়েৎকী কর্তাল মশেকনা শত্তুক হদনা খেত্থূনা অস্থম মখোল খোকহনববু কর্তাল অখেৎপী কৌই।

ইয়োইনবা—পুঙগা ঈশৈগা খোঙচৎ অমস্থং ঈহন অমদা পুন্না চৎমিন্নবা

কয়া কাজিনবা — খুং ওইনা নত্রগা য়েংনা পুঙ মৈনা মৈনা মখোলহু 'কাজিনা মৈবা অহৌবুনি। তুং, খিন, খিন, খং, খেং মখোয়সি কাজিনবদা শীজিনবা পুঙলোনশিংনি।

কয়া মৈবা —শাকু য়াওনা কয়া মৈশিনবা অহৌবুনি।

কোয়বী — পুঙগী ঈশৈগী মায়বা চৎপা।

কাঁটা —মপুঙ কাদবা তাল য়াওনা তনবা পুঙলোন।

কোইজা —য়েত্তয়ু ওইদনু ইচাদা চাবা তাল।

কর্তাল মরোল— কর্তালগী লোন "চৌ রাই কুপ" হায়বনচিংবা।

কাথল —মাত্রাশিংগী কাওলুপ মচা অময়মগী পাওখৈ অহৌবু কাখল কৌই। হীন্দুস্থানি সঙ্গীতা মসিবু বিভাগ হায়না কৌই। তালিলিপিদা অমদি স্বর লিপিদা ইবা মতমদা কাথল অময়মবু খণ্ডয়বগীদমক্তা মরক্তা চৈখৈ নত্রগা অয়ুংবা লেই অময়ম চিংহুনা উৎলি। কাখলগী হেক খংনবা মাত্রাশিংদা তাল খাবা নত্রগা হায়দোকপগী থবক অসি তৌই। কাথল অমদা য়ামত্রবদা মীহুন (মাত্রা) অমা কাওবা লৈ।

খুৎলোন —খুং য়েংনা পুঙগী মনাওদা মওং কয়াদা খতুনা মৈবদা তোঙান তোঙানবা মরোল খোকহনবা অহৌবু খুৎলোন কৌই।

খৎপা —পুঙগী মনাওদা খুং য়েংকী খুৎশাশিং অসিনা মাত্রাদা খৎপা অহৌবু খৎপা হায়বনি। খুদম— ওইনা ত্রেন, ত্র অসিনচিংবা।

খুৎখং —পুঙ মৈবগী তোঙান তোঙানবা মওং কয়াগী অমদি ওবা ওবাগী মত। মত অমনা মৈরিবা মরোলহু শেংবা শেংদত্রা কয়ম তৌই হায়বহনি।

খুৎকয় —পুঙলোনদা, মৈয়দা তেন, তাং, তঃ খিন, খিৎ হায়না মাগী মাগী থাকম মৈকমদা থাবা মৈয়ক্কুবুনি। খুৎকম চায়বদি মখোল চুমই শেংই, চাত্তবদি মখোলহু চুমদে তাবদা সুংডাইতে।

খুৎথা —খুদকী মকম, থাকম চুম্না চুমদত্রা হায়বহু খন্ননখনি। অত্তোপ্পা অমদা পুঙলোন অমা মৈবা লোয়রকপগী থাবগী মওং খল্লা থাজিনবা তপ্পা থাবা ময়ায় ওইরপ থাবা অসিনচিংবা।

খুৎটৈ —পুঙ মৈবগী তোঙান-তোঙানবা মওং মতৌ হায়বদি কজিন-হুনা মৈবা, তপ্পা মৈবা, কয়া মৈবা, পুঙলোন লোত্তুনা মৈবা কাবা মৈবা, তাওনা মৈবা, লুপ্পা মৈবা, খত্তুনা কিংনা মৈবা অসিনচিংববু খঙৈ।

খুৎথায় —তাল অমদগী তাল অমদা হোংল্লকপা থায়দোকপদা মৈরিবা মওং মতৌ তাল হোংলকপা অমুবু খঙৈ।

খুৎহন —মৈরিবা পুঙলোনহু মতেক মতেক হনজিনহনা হায়বদি অলঙ্কার হাপ্তুনা মৈবগী মওং।

খুৎপু —পুঙ মৈরিবৈদা মানা মানা পামজবা ছন্দ লায়দা মৈনরিবা মওং মতৌবু খঙৈ।

খুৎহাই —পুঙ মৈবনা চোলোম তৌবদা মখুৎ মশা হায়হনা মানা মানা পামজবা মওংদা হায়দোক হায়জিন তৌবা অমুবু খঙৈ।

খুৎহায় — চপ মায়বা পুঙলোনবু ছন্দ মওং কয়াদা হন্না পুখোক্তুনা মৈয়কপা অমদি তাল থায়গা হায়বা, থাম্মিবা, হায়-গৎলকপনচিংবদা হায়বা অমুবু খঙৈ।

খুৎয়োক —পুঙলোন অমা মৈবা লোইরকপগী মওং লুপ্পা থাবা, মাংনা থাবা, কায়না থাবা, কজেনা মশা লায়া থাবা অসিনচিংবনি।

খুৎতা —পুঙলোন য়েনবদা কজবা, কজনবা অমদি খৎপদা চুমবা চুমদবা কজে কজদে হায়না তাংনবা। খুদম :— ওইনা খুৎতা ক-জে, কজদে হায়না তাংবদা শীজিন্নৈ।

খুৎয়ৈ —পুঙ য়েনবা মীশিংগী মাগী মাগী ওইবা খুৎয়ৈ অমমম লৈজৈ, কনানা থুনা-য়ৈ কনানা ছায়াদা-য়েনবা হৈনৈ কনানা কোন-নবীদা, কনানা তানদা অমত্তা মায়দে খুৎয়ৈ অমমমনি।

খঙহনবা —শাফুগা লোয়ননা কয়া য়েনবা অহুগা অমুক তপ্পা য়েনগা খঙহৌদনা অমুক হাইগত্তুনা য়েনবা।

চপয় —খুৎশা মরিনা পুঙগী মনাওদা কজনা থাবা অহুবুনি তাং, তা, তাৎ হায়না থাবসি চপয়নি।

চাংচৎ —মায়বা খোঙচৎ (মিহুন) ঘরিগী সেকেন্দ কাটাগুম্না চৎপা খোঙচৎ।

চৌগুন —তাল অমদা লৈরিবা পুঙলোন অহু তালহু কাইহন্দনা পুঙলোনহু তানহুদা মরিরক হন্না য়েনবা অহুবুনি।

চোংবা —তাল অমা য়েরিগৈদা অতোপ্পা খোঙচৎ অমদা য়েনবা হায়বদি তাল অহুদি কায়হনদনা পুংলোন্দা অথুবা অতপ্পা শিজিন্নহুনা য়েনবা।

চেপথা —নাকন্দা ঙক চেপনা চৎপবু খঙনৈ।

চেপ্পা —চোলোম তোরুরগা নাকল অমদা হকচাং পৈথনা লৈববু খঙনৈ।

তানবী —তালগী কাখল (বিভাগ) খুদিংদা-তাম্বা ওইবা খুদম ওইনা

+ ২ ৩

থেন তেন তাং | তত্তা খিত্তা | ঘিত্তা ঘিত্তা

পুঙলোনগী মথক্তা +, ২, ৩ থাগিবশিংসিবু তানবী কৌই।

তানকোক—তাল অমগী অহানবা তাম্বু অহুবু তানকোক কৌই।

+

মসিবু সম হায়নসু খঙনৈ। থে হায়বসি তানকোকনি। মথকী তানবীদা পীগিবসি। তাললিপিদ তানকোক

